ꯃꯩꯆꯧꯅꯕꯤꯒꯤ ꯊꯣꯛꯆꯥꯎ ꯃꯩꯇꯪ

# মৈচৌন্বীগী থোক্চাও মৈতং



*This book has been awarded 2nd Prize in the Children Book Competition, 1996 Organised by the Education Deptt. (s) in the Category of Drama. Vide 4/63 SE(S) dated 22/3/97.*

# মৈচোন্বীগী থোক্চাও মৈতং

(ড্রামা)


অইবা ঃ

**গুরুময়ুম্ সনাতোম্বা শর্ম্মা**

মংজিল্ মমাঙ্ কোংবা রোড ইম্ফাল্।

ফোঙ্জবা ঃ

গুরুময়ুম্ কৃষ্ণকান্ত শর্ম্মা

মংজিল্ মমাঙ্, কোংবা রোড, ইম্ফাল্।



অনিসুবা ফোংবা

শোক্ ১৯৯৮ ইং



মমল্ ঃ লুপা ৩৫/- (কুন্থরামঙা)

কপী মশিং ১০০০

মখুম্ য়েক্পা ঃ এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, খোংমন্ মংজিন্।



নম্ফম্ ঃ- লম্য়ান্বা প্রিন্টর্স কোনুংলম্পাক্, ইম্ফাল্।

# খুৎশিন্নরবনি নখোয়দা

ঙসিগী খুন্নাই অসিগী হৌগৎলক্লিবা, হৌগৎলক্লিবী,

হয়েংগী তুংগী য়ুম্বীরেল্ ওইগদৌরিবা, ওইগদৌরিবী

ঐখোয়গী ঙসিগী নহারোল্ ইচা-ইশুশিংগীদমক্

শাগৎচরুবা ঐগী **মৈচোম্বীগী থোক্চাও মৈতৎ** সে

চাউখৎপা অফবা মান্নবা খুন্নাই অমগী

অমনা অমবু অঙম্বা মতেং  পাংনবা হোৎনবদা

নীংহন্নবা পোক্ত্রবা নখোয়দবু শিন্নদনা

কন্নাদনো ঐনা খুৎশিন্নগদবা —

খুৎশিন্নরবনি ঙসিদি

পারো, তল্লো, শান্নরো পেন্না —

হেন্না নৌবা অচঙ্বা খুন্নাই অমগীদমক্।।

ইম্ফাল্ — **সনাতোম্বা**

২০/১১/৯০ ইং

# লাইরিকসিদা

ইনাও শ্রীগুরুময়ুম সনাতোম্বা শর্ম্মগী মৈচোনবীগী **থোক্‌চাও মৈতৎ** কৌবা তঙ্কক ৭ কি লীলা মচা লাইরিক খুৎই ওইনা পাজখি। লীলাগী ৱারীদা কৈ; লমহুই, ক্কাক অমসুং হুইনচিংবা শা-উচেকশিংগী পুন্সিগা মীওইবগা চাংদমনদুনা লৌশিংগী চান্নবা উৎলী।

শ্রীসনাতোম্বা অঙাংশিংগী ৱাখল লৌশিং হেনগৎহন্নবা ওইরবসু অপাবশিংদ খেন্‌নবা লৈতনা নুংঙাইবা অমসুং ৱাখল লৌশিং চাওখৎনিঙাই ওইবা ৱারী লীলানি হায়বা য়াই। লীলাগী অলায় অখুম প্লোট অমসুং থৌদোক শেম্বদা হৈ-শিংবা লোয়ননা অপাবশিংগী পুক্নিং চিংশিনবা ঙম্বগী গুণ লাইরিকসিদ উবা ফংই। মসিমক ইনাও শর্ম্মগী থোইদোক্ন শিংথাবা য়াবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী মচলশিদ অঙাঙগী সাহিত্যদা থোইদোক্না মরু ওইবনি। চাওখৎলবা জাতিশিং হিরমসিদা থোইদোকপা মীৎয়েং থম্নে, মসিগী শরুক তোপ্না থম্বী। ঐখোয়গী মণিপুর সাহিত্যদদি মাইকৈসি শোৎথরি হায়জনিংই। শ্রীসনাতোম্বগী **মৈচোনবীগী থোকচাও মৈতৎ** শোৎথরিবা শরুকপু চাওখৎহন্নবগী খুদোল ওইরগনি। ইনাওদগী মখাতবা সাহিত্যগী খুদোলশিং খৌরাংনা ঙাইরী।

**ইম্ফাল**

তাং ২৮/৬/৯৮ ইং

**অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**

খোংমন মংজিল।

# ৱাহৈ খরদং

খুন্নাই অসিগী হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিং মরু ওইনা মমালোন্দা ইবা পাবা থোক্লবা ঐখোয়গী অঙাংশিংদা তন্নদবা লাইরিক্ (আউৎ-বুক্) পানীং বগী হৈনবী অমা লৈহন্নবগীদমক্ ইরুবা দ্রামাগী লাইরিক্নি।

অঙাংশিংনা য়ান্নমক্ পাম্জবা ফুঙ্গা ৱারীদা য়ুম্ফম্ ওইদুনা শান্নগদবা লিলানি। শা উচেক্শিংগী মাক্স শীজিন্নবনা হেন্না মওং তাগনি।

থম্মোয়দা থম্মোয়না ৱারৌনরবা, পুন্সিদা পুন্সিনা মীনম্নরবা হিংনবগী লান্ফম্দা চোক্থরবা মীওইবগী পুন্সিদা, ঐখোয়গী অঙাংশিংসু অশেংবা কলাকার হায়বদুমক্ ওইদুনা পুন্সিবু হেন্না মরেক্-মহাও থোক্লা নুংঙাইনা লেপ্থোক্পা ঙম্নবা পৌরানিক্কী অমদি মতম্গী লোন্দাদা শৈরেংগী সুরদা ইজবনি। **মৈচোম্বীগী থোক্চাও মৈতৎ** ঐখোয়গী অঙাংশিংগীদমক্নি।

বনান্গী মতাংদা অঙাংশিংনা পাজবদা হেন্না খুৎলোয়নবা হসন্ত ( ্ ) অমদি অরূম্- অয়াং ময়েক্শিং শোয়দনবা হোৎনবনি অদুবু ওন্নখিবা অমদি চিখ্-নম্থখিবা য়াওরম্নবসু অপাবশিংনা ঙাক্পীগনি।

খুৎইদগী লাইরিক্ ওইনবা হোৎনবদা অঙম্বা শেল্গী মতেঙ্ পাঙ্বীরক্খিবা Electricity Department, Store Divn. গী পি. যাদুমনি সিংহ ইঃ ইঃ, এন. বিরেন্ সিংহ এঃ ইঃ, অইচ, শান্তিকুমার সিংহ এঃ ইঃ. অমদি সেক্সন ওফিসারশিংগী মফম্দসু তৌবিমল্ খঙ্বা উচ্চরি।

অরোইবদা, জাতিগী অমদি রাজ্যগী থাক্তা সাহিত্যগী লম্দা মতীক্চাবা মনা কয়ানা লৈতেংলবা **শ্রীঅরিবম্ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা**, ইয়াম্বা অসিনা

খুৎই ওইরিঙৈদগী হৌনা অশোয়-অঙাম্ কয়া তাক্পীরক্পা অমদি মখুম্গী দিজাইন্ পীবীরক্পগীদমক্তা ইয়াম্বগী মফম্দসু থোইদোক্লা তৌবিমল্ খঙ্বা উচ্চরি।

ইম্ফাল্ অইবা ঃ

তাং ২৪/৬/৯৮ ইং **গুরুময়ুম্ সনাতোম্বা শর্ম্মা**

## অনী শুবা খুৎনামগী মতাংদা

হন্দক্তি অহাম্বা-খুৎনম্দা নীংবা থুংখিদবা কয়া লাইরিক্কী চে, ময়েক্-মশোন লাইরিক্কী মপুং ওইবা মশক্ অমদি-বনান্গী মতাংদা য়াবমখৈ শেম্দোক্চরে লোয়ননা ওফসেত্তা ওইনা পুথোক্চরে, পাবীরিবশিংগী হেন্না খূদোং চাননবা।

- অইবা -

# লিলাদা চঙ্গদবা মীশক্শিং

নুপা ঃ-

১। থোক্চাও (লমহূয়)
২। মায়পাক্পা (কৈ)
৩। নাকক্পা (হূয়)
৪। লমহুয় মচা অনী (লাবা)
৫। শজী লাবা (অশিবা শাবা ১)

নুপী ঃ-

১। মৈচোম্বী (থোক্চাওগী নুপী)
২। লমহূয় মচা ৩ (অমোম্)
৩। কারুবী (ক্বাক্ মপী)

য়েংগদবা ঃ-(রেডিওগীদমক্তদি শজী ১দি লম্হূয় মচাশিং য়াউদ্রবসু য়াগনি।)

# মৈচোন্বীগী থোক্চাও মৈতং

## (অঙাংগী লিলা)

(১)

মফম্ ঃ- উমং মপান্গী লৌবুক্কা তাইনবা চীংয়া।

মতম্ ঃ- নুমিদাংবাইগী ষণগারক্পা মতম্।

অকন্বা নোং নুংশিং মরক্তা অখাক্ অরাওগী মখোন্না ইনীল নীল্লিঙৈ মরক্তা মায়পাক্পগা থোকচাওগা নম্নবা মখোল্ তায় - " ঙরং ঙরং ঙরং আঁ উম্' - (বাচেং তঙ্খায়গী - ছেং-ছেং) 'উ-বাঁ উ-বাঁ অয়ো ইমা, অয়ো ইমা ঐ শিবে ঐ শিবে।" অসুম্না অনীদু ঙাইহাক্ মনুংদা লাউনবা অদুগী মতুংদা থোক্চাও লম্ হূয় নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা চেম্পোরক্ই, হন্না হন্না য়েঙ্ঙী, মনম্গন্দা মখুৎনা মারুই - মমাঙ্দা লৈবা চীংমায়দা হোবা শুরুং মচাদু উবদা মঙক্ নোমদুনা মোমোন্ - )

থোক্চাও - উ-বাঁ উ-বাঁ -

ইস্ হিংদি হিংলিহাই থোকচাও।

উম্ উম্ শুরুং মচা অসিদা

লোৎলগে হেক্তা ঙসিদি।

মায়পাক্পা - আঁ উম্ - ঙরং ঙরং আচ্চা-চা্

(মচি অমদা লোৎলি,

মায় পাক্পা লাকই)

২/ মৈচোম্বীগী থোক্চাও মৈতৎ

নোংলৈ নুংশিৎ মরকসিদা,
ওঙ্গোক্লসু লাক্চৈ হাই ।
লায়রবনা পৎ-তৎ
ফি-শুবা (ধোবী) মতৈ মনাওগী
নিম্ খরুঙদা লুপ্লুবা
থোক্চাও চীন্দুম্বা নাতোন্ তুম্
মায়পাক্পা ঐগী খুবাক্তগী
ওঙ্গোক্লা হৈনা নাঙ্গোক্খিদা
হাঃ হাঃ য়াইবী মাগী অপীখক্
হিংনিংবদি ফাওরীনেসে -
এঃ এঃ চীংদুম্ মচা অসিগী
নাকচেপ্সিদা হোরিবা
লৈখ্রন্ মচা অসিদা
কয়া হৈনা চঙ্খ্রিবা
উমংগী শায়াম' পুম্ববু
নঙগী নিম্গী মচুনা
নশক্ খঙলোই লৌনম্বা
তৌখোদনা হৌজিক্সু
মাইপাক্পা ঐগী ইফম্দা।
হাঃ হাঃ - য়েংলগেদো খঙ্গনি
লৈরম্মুকো শরীসো -
অরাংবদি মায়পাক্পা,

ফৈরেং চৈগপ্ হুম্বদা
কম্দৌবগে য়েংঙুহাই
চীন্ফেন ফবা চীন্দুম্বা
নচীন্দু হান্না থৎকেদো -
নৈরম্মুকো খঙ্গনি
ঙরং ঙরং . . . আঁউম্।

থোক্ - উ-ৱাঁ উ-ৱাঁ -
হাই হাই করম্নো করম্নো!
ইচেঙ ঐগী নৈরিঙৈ
হিংবনিকো তাইবঙসে —
এঃ এঃ ফৈরেং চৈগপ চোংখ্রেনা
সিদা ঐনা অমুক চেন্
হিংলোইদৌরি করম্নো,
থুয়প্চিন্নগে ইশাসে —
হিংবদদি হিংখিগে কে — কু ।

মায় - হাঃ হাঃ - ফোং ফোং!
করি থোক্রে শক্থিবা,
থোক্চাও লম্হূয় চীন্দুম্বা
নচীল্ অদু হান্না থৎ
ঈখেঙ্ চূপ্কে থোক্লক্উ
নতীক্ নঙগী নৈরদি।

থোক্ - অ-আ - অয়ো-য়ো ইবুংঙো (২)!

নতীক্ নঙান্না চাউরিবা
শক্লা চুনা হেল্লিবা
মথঙ্ খনবা অরাংবা,
পাম্বা কৈরেল্ অথৌবা
মায়পাক্পদি শক্হেন্না
চান্বীয়ুবা অমুক্তা;
নিম্ চফুগী দোষাসে --
অমুক্তদি কনবীয়ো,
ননাই ঐবু ঙাকপীয়ু,
শিনীংবা কনা য়াউদেদো
তাইবঙসিদা খন্দ্রবোই
অয়ো-য়ো ইবুংঙো - (২)।

মায় - ইয়া, শিরম্দাইগী চোইরোল্লা ?
'মরীল্ চুম্বা শারে হাই
থোক্তা হিংবা থোক্চাওসে --
লৈশি লৈথোন্দি তোকত্রিহাই;
লাও লাও থোক্লক্উ
নশক্ অদুক্ য়েংখিগে।

থোক্ এঃ করি ৱানোদা অদুদে;
শোয়রে শোয়রে ইবুংঙো
তাঞ্জাসিদা ইশক্কা
উংপা লাক্পা ঙম্জরোইদা,
খরা থুনা লেঙবীখ্রো

পুনেম্‌জরিয়ে ননাইনা।

মায় য়ারোই য়ারোই চীঙ্থীবা,
উমংগী শায়াম্ ঐখোয়বু
দোলাইরেং নঙ্গী ওইহন্‌বা
নখোঙ্ শোক্লা খুরুম্‌হন্‌বা
কাউই করিগী শক্থীবা?
হাইস্ মমৈদি লিৎথোক্লিদনা মসে —
নমৈ হন্না থৎলগা
নচীল্ কোন্না ফোয়রগে। (মমৈ ফাবদা)

থোক্ হহায়ো, হাই কৈরেল্ অপঙ্‌বা,
ইমৈ নত্তে তৌরানে
অদুক্ কন্না চীংলিদো
থীদা,-অরাংবগী মপোক্সে
পঙ্মন্নসু পঙ্ঙীদা।

মায় করিনোনহাই শক্থীবা,
সিবু নমৈ নত্তরাও?

থোক্ -হো নত্তয়ে, নত্তেয়ে মায়পাক্পাও।
থাজদ্রগা নুঙ্ থিক্ল
ঈ থোকপ্রা হায়দুনা য়েঙ্ঙু অদুক্ শুগাইয়ু।
চেন্‌বীরোইয়ে করিসু
হো তৌরানে তৌরা, তৌরা!

মায় হিঃ করিনোনে ঙসিসে -

## ৬/ মৈচোম্বীগী থোক্‌চাও মৈতৎ

মঙ্‌লা তাইবঙ্‌লা ঐহাকপো!
থোক্‌চাও নঙ্‌গী নমাঙ্‌দা
ফনা ইকায়হাই ঙসিদে —
নুঙ লৌরুগে লৈরম্মু,
করিগুম্বা চেন্নবা
মাঙলে নথায় মচাদু। (চৎখি)

থোক্ ইস্ তৎলম্‌গনিহাই ইমৈসে
কয়াদা নানা শিক্রম্নবা।
শিরম্‌দাইগী মিৎকুপসিদা
ফনবু নুংঙাইরিহাই মসিদে,
চেন্নুরে থবায় মাঙ্
চেন্দ্রে চঙ্‌শি শি
কান্দ্রে ফু কান্দ্রে ফু
খরা ঙাইহাক্ লক্করা
করি তম্বা লাইবক্তা
য়েংলগে থোকচাও ঙসিদি।
ইস্ নারেদকো ইমৈসিদে (মমৈ কোল্লিন্নগা)
তস্ য়ৌরক্‌ত্রিঙৈ ময়াপাক্‌পা
কোল্লিনবফাওদি নংঙীদনা।
তৌরাসিনা ইমৈ সা -
থিন্দোক্তুনা অমুক য়েংথিগে।

মায় (নুঙ্ পায়দুনা লাক্রগা)

হাই থোক্চাও চীন্দুম্বা
লেঙ্গনুহাই খঙ্গনি
নমৈ থৎকে য়েঙঙু হাই। (কোক্ কোক্ শুবদা)

থোক — হাঃ হাঃ নতৌ-য়েংগে তৌবনি
লৈতে নঙমুক্ পঙ্বদি
এ, অয়ো-অয়ো নারে নারে।
হো দাদায়াইমা পাঙ্গনবা,
তৌরা নত্তে ইমৈনে।
ইস তৎলেনহাই মায়পাক্পাও!

মায় — হাই হাই চীষ্টীবা চীন্দুম্বা,
কদর মপী থোক্চাও! (মুন্না য়েংলগা মথন্তা)
হুম্ ঙসাইগীদুদি মমৈনিদা,
হন্দক্লা তৌরা থিন্দোক্পা
শিংঙীহাই থোক্চাও পশিংথোক্।
ঙসি নঙ্গী নমাঙ্দা
হঞ্জিল হঞ্জিল্ চোপ্লে ঐ
থম্ফম লৈতে হাই ইমায়সে —
চৎলো চৎলো ননীং তম্
তালোয় নঙগী মৈচোন্বী,
মীহুন্ য়াওদ মথন্তা
লৈরম্লনি ঙাইদুনা।
চৎলগে ঙসিদি হিংহৌরো

ওন্থোক্লদি ইকায়দা ।
(মণ্ডক নোম্,মখুৎশিং, মরুম্দা লোৎখি।)
থোক্ (নুংশাশ্বর হোন্দুনা থোরক্লগা)
ইস্ চেঙ্ হায়দুবু লৈরদি
শিদি শিদেকো থোক্চাও নঙ্।
(মতুপ্ অসি খুলঙ্ ঈশৈনা হায়রকই)
"হা ইবেম্মা মৈচোন্বী
ঐদি নঙবু কাউরুরে,
অরাংবনা হায়রদা
নাংশিংলক্ই হৌজিক্তা
ইথায় ইমিমক্তবু কোল্লম্মু
থোক্চাও ঐগী প্রান নোংদম্ ওইরিবী
ঘ্নারৌগনুকো চান্নবী"
এঃ করিনো সিদে,—
অয়োʼমা অয়োʼমা!
ঐবু ইমৈসিবু হিংখিদ্রাও?
থরাক্ য়াল্লেনা করম্নো।
অরাংবা হায়বা হাই-মহা চন্দাল্
সেরা থোক্চাও ইতীক্ খঙ্হন্গে
সিদগীদি য়েংঙু হাই।
ওঃ চীক্পনসু অমুক্তোইবা
কৈঙহূ কারেদনা করম্নো

ইস্ অয়ো-য়ো।

মায় - (ফৎ পাইশিল্লকই)

ঙরং-ঙরং-ঙরং আঁ-উম-। (মমৈ থৎলি)

থোক্ - এঃ তৎলে তৎলে উ-ৰাঁ, উ-ৰাঁ। (চেন্খি)

মায় - হাঃ হাঃ কয়া য়াঙ্না পাইখ্রবা

নচীন্দুমক্ ফংদ্রস্

নমৈ ফাওদি থৎলিদনা হাঃ হাঃ হাঃ —

-"ইমৈ নত্তে তৌরানি

তৌরা নত্তে ইমৈনি " হাঃ হাঃ হাঃ —

ওৎলৈ পালৈ খুম্বদু

নমৈ তৎলে কম্দৌই ?

নশক খঙ্বা ৱাররোই হাঃ হাঃ হাঃ —

চীন্দুম্বা মৈতৎপা মানসু -

"সেরা থোক্চাও ইতীক্ খঙহন্গে।।"

হাঃ হাঃ (ইকোদা নীল্লি)।

**- লাইত ওফ -**

১০/ মৈচোন্বীগী থোক্‌চাও মৈতৎ

(২)

মফম্ ঃ- অ্যুর হৈকোল্ মনাক্কী লম্বী।

মতম্ ঃ- নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোরক্‌পা মতাং।

(থোক্‌চাওদু মমৈ থৎখিবদা মমৈ মৈতোন্দা বেন্দেজ চাউনা য়েৎ মাগী-নুপী মৈচোন্‌বীনা মখুত্তা হেন্দবেগ অমা য়াল্, সনগ্লাস আনোক্ অমা উপ্-মখোয় অনীমক্ অৱাই-অখুম্‌দা ঈশৈ শক্‌মিন্নদুনা চোংল চোংলদুনা লাক্‌ই)

থোক্‌চাও লাও হৈ পেম্মা
চৎসি লাওহৈ কোয়রুসি লাওহৈ
লাওহৈ লাওহৈ।।

মৈচোন্‌বী হো তাদা নাতোন্ তুম্ (২)
তাদা নাতোন্ তুম্
নিম্ চফুদা তারুবা
নশক্ খঙ্‌বদা ৱারেদা
মাঙ্‌দা থাবিয়ো নতুং ইঞ্জগে।।

থোক্ লাওহৈ পেম্মা + + +
ইমৈ অসে থৎখিবা
প্রাণ্‌বু পুবা য়াদে হাই
হে সৈতা, সৈতনা শাক্কী শরী সো –
হাঃ হাঃ কৈরেল্ মাগী মথক্তা
লমন্ খুম্বা ঙম্‌দ্রবা
থোক্‌চাও ইতীক্ খঙহনগে
লাও লাও পেম্মা লাও ইতুং ইম্লোরাও।।

মৈচোন্ ননাও লাইবক্ থীবীদি
ইকুম্ ইথানগা শুবনে
নঙ্গী কদর মতানে
চৎপদা মঙম্ শান্দরে।।
(খোঞ্জম্দা অমুক্) - হো কয়াম্ ঝাৎলিবগে?
য়ৌদ্রিবরা মফম্দুবো —
হো কদর মপী!

থোক্ মোন্দানা অসুক নুংঙাইবা,
য়ৌরোইহাই করিগী পেম্মা।
য়েংঙু য়েংঙু উদরা- মাঙ্দা উরিবা,
তোমাম্লোগী হৈকোন্সে —
য়েংবগী পেনবা নাইদেহাই
অঙ্গুরগী চরোংনা মমুল্ ফানবু মুম্লে হাই
জুম্ জুম্ লাউনবু পাম্লে হাই লাও পেম্মা লাও (২)

মৈচোন্ ইস! নুংঙাইরেদা ননাওদি
তিন্বু চুংলে করম্নো
মাঞ্জ নতুং ইঞ্জগে,
হো মাঙ্দা থাবীয়ো।

থোক্ ঙরাংদগী চাদ্রবা অরাম খৌরাং মৈচাক্লা
চাক্কুনবু লাক্লবা গর্ভ অসে ইংলগে
হাঃ হাঃ সিনিদনা পুল্লি।।
হাই হাই অদুগনে,—

তোমাম্নো হায়বা অপঙ্‌বা
লাকপ্রা অদুক্ ময়েংঙু;
কোক্‌য়েৎ অচৌবা য়েৎপনি,
মখুত্তা চৈদুপ্ পায়বনি
চেক্‌শিন্নদি য়েংঙুকো।

মৈচোন্ ইঃ কিজরেদা করম্নো!
শিৎনা নানা চোংলিবা,
ঙসি নঙ্‌গী বাতাসে —
চেল্‌হৌরসিরা ঐখোয়বো।

থোক্ সেরা, মতাং অসি য়ৌরবু
করি থৌগী চেম্লুনি।
লাওহৈ নুপী লাওহৈ
খুৎচোং অমুক্ চোংবদা
মুস্ত্রিক মুন্‌বা অঙ্গূরসে
চরোং চরোং হেক্‌থগে
নপুক্ পেন্না চারো লাও

মৈচোন্ তস্ অদুনিদনা নুপা।
তোমাম্নো হায়বা শত্তাথী,
লাক্‌সনু খঙ্গনি ঙসিদি
য়েংগে মানা কয়াম ্ ঙম্।
ইস্ মুনা ঙাংবা অঙ্গুরসে
কয়াদা ফজনা পাম্লিবা।

তোঃ তোঃ নেম্ নেম্ পাল্লিবা চরোংসে –
হেক্সি অসিনা হান্নদুম্।

থোক্ উম্ চুম্মিনেহাই নুপী (চোংখৎলুরগা)
ইস্ ফংদেহাই, খোঙ্ফম্ খজিক্ শোয়খিদা;
ইয়া, খঙ্গনিদো হন্দক্তি –
নোংমদা পোক্পা মচানা
নীনীদা শিবা হৌনদে,
ইপু মচা নোংখাইগে
হাই হাই লমহুয় ইতীক্ খঙঙুকো।
(চোংখৎপদা নীংথেংননা তুরে)
আঃ - অয়ো-য়ো য়োঃ।

মৈচোন্ - এঃ করিনো তৌবিরিসিবো।
মাঙ্জরেদনা ঐহাক্তি।
হো - ফুদিত্তা মাঙ্জোঙ্ চোংলেম্মি
মতন্না অসুক্ ফৎত্রদা
(মখুৎমশা কন্দুনা মথন্তা ফরং ফরং চোংঙী)
বোম্নে, তোপ্নে, মরক্সিদা
নখোঙ্দুমগা তেক্লদি
হৌজিক্পু ঐবু করম্নো!

থোক্ হাই নুপী; নঙ্না খঙ্বা নত্তেদা,
অহান্বগী খোঙফম্দা
অদুক্ শোয়বগী বাদনি

য়েংঙুদনা হন্দক্তং
রেদি-বান্ - তু-থ্রি
(বাংনা চোংখৎপদা মখোঙ্ লৈথেক্রে)
ওঃ তেক্রে, তে্ক্রে, তেক্রে।।

মৈচোন্ ইস্ করম্নো করম্নো
মঙ্না হানা নুংঙাইতবসিদা,
হো তোক্তা তোক্পীরোসে
চাজনীংদ্রে অঙ্কুরদো।
নামৈ য়াউদবৈ মথক্তা
নখোঙ ফংঙী তেক্লবা,
লোইরে লোইরে ননাওদি
মাঞ্জ নতুং ইল্লুবা
সিদবু ঐবু কৈদৌ হায়রিনো?
- হো লম্হুয় থোক্চাও!
(সেতাঁরগী তেং তেংদা কপ্না কপ্না)
নচা পীশক্ পীশক্শিং
উ-বাঁ, উ-বাঁ থোরক্লগা সিদগী
করম্নবু থাকনি কনানবু শেন্ননি
ইঃ ইঃ ইঃ ইঃ ——।

থোক্ (শাউনা) হাই, নুপী, পাঙ্দবী!
থোক্চাও ঐগী নুপীনবু
করিগী অদুম্ কপ্পুনি।
ইনানা য়াৎপা থয়াত্তসু

শঙ্গোম মপাল্ চারিনহে।
খঙ্দবনা নঙ্না ঐনা
থুম্লি, হাউনি খুম্নবা অঙ্গুরনি
ইঃ য়াবু কুম্নম্গনিদা!
শীম্লি লাওহে চৎসি লাও। (চৎকে তৌবা)
এঃ এঃ থাবা য়াদ্রেদনা খোঙ্সিদে –
লাওনে ঐবু শম্নলাও।
আ-অয়ো য়ো য়ো।

মৈচোন্ হো তোমাম্লোনা হাম্ননিয়ে (পাখৎনা)
ননাওগী খুজেঙ্দা পাইবীয়ো
সোম্দা সোম্দা সোম্দা।

থোক্ অয়ো অয়ো অয়ো।
(মৈচোম্বীনা থোক্চাওবু শৌদুনা চৎমিম্নে,
নোক্লিং ম্যাজিক্ –)

**- লাইট ওফ -**

(৩)

মফম্ ঃ- চীংয়াগী কৈ মকোল্ মনাক্
মতম্ ঃ- নুংথিল্।
(কৈ মকোল্ মনাক্তা থোক্চাওগা মৈচোন্বীগা খৎনরি।)

মৈচোন্বী — এঃ করম্বা নুপা পাদানো?
নীনিগী চফম্ হাঙ্লবা
চখাও অসি পুদুনা
কয়াম কুইনা খাঙ্খিসিগে?

থোক্চাও — ইয়া, করিনোনে মৈচোন!
ঐসে থোক্চাওনে থোক্চাও—
থোক্চাও ঐগী নুপীনা
বারুনি করিগী অদুম্না;
লাইনা তম্বা লাক্খিনি
হায়রেদনা ঙসাইনা।

মৈচোন্ — হহাইয়ো্ তম্খ্রে তম্খ্রে লাইসিসু
থোক্চাওগী নুপী ওইরুবা,
অসুম্না বাবা নংবোইরে।
নমৈ ফংই তৎলবা,
নখোঙ্ হায়রা তেক্লবা,
তম্মে তম্মে থোক্চাওগী লাই!
অসিদগী হেন্বা’ মা —

করি অমুক্ তন্নিগবা।
হা বিধি বিধতা, —
য়েংনীংখ্রেদা হন্দক্তদি।

থোক্ - ইয়া্ মতোইনরহৈ
তৃমিন্না লৈয়্ু চীষ্টীবী!
য়েংঙভুদনা হন্দক্তং

মৈচোন্ - (মরক্ থৎনা) হো ওক্‌চরে ওক্‌চরে খঙ্‌জরে।
ইকুম-ইথানা শুরফাও,
কুম্‌জা অসুক্ কুইববু
নয়ুম্ অমা শারব্রাও?
ইশাসিনা লুম্বনে,
চারক্তবগী মৈচাক্তা
কনাগী নুপীনবু খাঙদোইনো?
হাদা তামো কদরবালা মাঙ্গোল্‌জাও!
থোক্‌চাও লমহূয় নঙোন্দা
ইয়ুম্ পাল্লুবা অসিদদি
হৌ পেল্লে পেল্লে পেঙ্গারে।

থোক্ - নতৈ থোক্‌চাও লমহূয়না হিংলিঙে
হায়হৈদে পোম্মা হায়হৈদে।
আঃ আঃ হায়নরিঙেমক্তদা
য়েঙভুদনা আদৈসে —।

মৈচোন্ - ওঃ অসিদি কাক্ ওুমোর কারুবীদুনিদনা,



এঃ এঃ কন্নাগী শোরাৎকী তন্নো!
মচীন্দগী পেকেৎসিদি ওহ্নোক্লসু চাউরেদা;
ইস্ চানীংগ্রেদা করম্নো।

থোক্ - (নোক্লগা) হাঃ হাঃ সি মঙাইদনা পুন্সি!
কদর থোক্চাওগী থোক্
হৌরগে অমুক ঙসিদি।
চীংদুম্ মরুম্ অসিদা
খরা অদুক্ লোৎলুচো।
হাই হাই অদুগনে, —
ইঙ্গিৎ ঐগী ফংদ্রিবঙে,
ৱাহৈ অমা ঙাংফরোই
থীন্নে চৎলো লোৎলুরো।

মৈচোন্ - অদুগনে, —
হন্দক্তি শোয়বা য়ারোইকো
চচ্চরে চচ্চরে কে-কু। (লোৎখি ক্বাক্ পাইরক্ই)

ক্বাক্ - ক্বাক্ ক্বাক্ ওহ্নোক্লসু লুম্মেদা পোকেৎসে —
মসিবু লৈরদি ঐখোয়-মুং,
নীনী হুন্নিদি ঈংলনি।
ইচা পীশক্ পীশক্শিং,
নুংঙাইবগী ঙম্খৈ লৈররোই
নুমিৎনা চীংয়া থাংদ্রিবঙে,
নারম্না পাবোৎ লোন্দ্রিবঙে,

ইয়ুম্ মোংবা ইরান্ য়াই
য়ৌননবা পাইহৌরগে।
(হন্না য়েংলগা চৎপদা থোক্চাওনা)

থোক্ - এঃ কদোম্দৈনো ইচন্দি, উনদবা কুইরেদা,
কনাই শোরাৎ চৎলুবা, ওঙ্গোক্লা বানা উরেদা,
লাও লাও ফন্নোলাও।
তলা পামেন্ চাউথোইবা,
নুংঙাইবা উরোং খন্দুনা
অদুক্ তোংজরো লাওদা, উগী উনা মরুম্দা
শিৎলক্পা মালংগী লিরিদা
বারুবা 'পুম্বা কোক্কনি
ঙাইহাক্ পুঙ্গোই পোৎথাজৌ।

ক্বাক্ - (নোকফেৎ) ওঃ তামো থোক্চাও লম্হূয়নিদনা,
য়ারনিদা নচল্ 'সুম্। (চৎকে তৌবদা)

থোক্ - (মরক্ থৎনা) ঙাইখো ঙাইখো ফন্নোরাও-ও,
মমাংঙৈগী থোক্চাওদো
নৎত্রবনে ঙসিদি
নীনীগী চেংজেল্ পুন্সিদা
হুমাংনা লৈরিক্ কা'মখৈ
করিগী অদুম্না পাইরুনি
নুংঙাইনা হিংবসু মতম্মু
(খরা লাপ্না লেপ্পী)
তোঃ তোঃ অদুনি অদুনি,

ফম্মু ফম্মু উশাদুদা
অদুনিদনা ইচল্‌সিদে।
ক্বাক্ - তোম্বৈ মপা তোম্বুংগী
শোরাৎ অদুক্ য়েংলুবনি
করিনোদা, অঙক্‌পনি অঙক্‌পা;
ঐখোয় তামো তোক্‌চাওদি
নুংঙাই মরাং হৌরিদনা?
থোক্ - উম্, নুংঙাইরি নুংঙাইরি
ইচল্, ওমোর কারুবীদি
শক্লা চুনা হেন্‌মন্‌বনা
নশক্‌পু খঙলুদ্রে নবুংদি।
ইহে অতৈদি ইরাই লাইরিদা
ক্বাক্ - ও তাক্‌পীয়ু তামো, য়ানিয়ে,
(হেন্দ বেগতগী নুংশেল্
লিপস্তিক্ লৌথোক্লুনা
মকে সেম্মী। সোমদা
মৈচোনবীনা চাক্লা য়েংলম্লগা মখুদোম্বী শীংই,
অমুক্ লোৎখি, মনা খন্দুনা)
থোক্ - ঈংনা মেঙনা, খোয়খুম্না
থম্মোয় অসে নুংওন্‌মখৈ,
য়াক্লুবা কালেন্‌গী নুংশাদা
তরেৎশুবা খোঙ্থাংদা

অদুঙৈদা শক্‌খিবা ইচল্‌গী ঈশৈগী শুর
তাখিদবা কুইরেদা,
শক্লম্মু অমুক্তা নবুংদা
থম্মোয় অসে ঈংজগে।

ক্বাক্ - ঙসিদি ঐখোয় তামোনা
ওহোক্লা ৱাংনা হুন্‌গৎপীরেদা?
তারক্তননে (নোক্‌ই)।

থোক্ - (নোক্লগা) তারক্লবসু ওক্‌পীগে।

ক্বাক্ - ইহে, অদুনা হেন্না কিখরে।

থোক্ - হুনগৎপা নত্তে; অওইবনে
শক্লম্মুনে অমুক্তা কারুবী।
ওক্‌শা মচেৎ থাবীগে,
অদুঙৈগীদো য়াওরিয়ে।।

(মৈচোম্বীদু চাক্লা থোরক্লম্লগা কনা উদনা মাসু মকে শেম্মী, অমুক্ চঙ্‌খি; ঈশৈ হৌরকপ ফাওবা)

ক্বাক্ - তামোনা অসুক নুংশিবীরবদবু
শক্লগে অদুদি তাবীরো
অ-আ ——
(অলাপ্ লাউবদা তল্ তাখ্রে থোক্‌চাওগী মনাক্তা)
হাইমা; তাখ্রেদনা করম্নো।
থৱাইদগী পাম্মুনা লাক্লক্‌পা
ঐগী তল্ পেকেত ফংগনি হায়বা নীংদরে।
হো থোক্‌চাও লম্‌হূয় নুংশিবা;

হন্দোকপীয়ু খক্তিং
ননাওগী থবায় খুঞ্জগে।
থোক্ - হা হা হা নুংঙাইরেদা শরিশো;
করম্নোহাই কারুবী!
থোক্চাওগী থোক্তা থাজবা
ঐগী লাংদা থুরেদো।
লাও লাও চঙ্লক্উ - (২)
হা হা করি নতিক লৈদুনা
থবায় নঙ্গী তল্ অসে
চারো লাওনে শক্থীবী।
উ-বাঁ, উ-বাঁ কেকু ফোং ফোং।
মৈচোন্ - (কেনা চংলকই)
উ-বাঁ উবাঁ কেকু ফোং ফোং
এঃ তৌবা ঙম্মেদা শক্থীবী!
নপোৎ নত্তনা নরন্ সা
মীগী চালুক্তা খুজাই লংশিন্বা
নতীক্ নত্তে কারুবী।
হাই ইকায়খঙ্দবী মায়থাবী,
পাইখ্রোনে চৎলো য়েংনিংদে -
নথ্বাই অদো মাঙ্দ্রিঙৈ।
কাক্ - ওহঃ নীংঙম্খিদ্রেদা পঙ্ঙীদা;
কাক্ কারুবী ঐমুক্ পঙ্বসিবু

কদাইদবু লৈরম্‌গবা।
ইশক্ ফজৈ, ইখোন্ নুংশি
হন্না হন্না হুন্‌গৎপা টিকি চাবদা তারেদো,
থবায় অসে মাঙ্‌দ্রিঙৈ
চচ্চবে মৈচোন্ মৈতৎ চচ্চবে চচ্চবে ক্বাক্ ক্বাক্।। (পাইখ্রে)

মৈচোন্ - উ-ৰাঁ উ-ৰাঁ সিনিদনা মৈতৎপা!

থোক্ - উ-ৰাঁ উ-ৰাঁ সিনিদনা মৈচোনবী!
(ইশি শিনা নোক্লুরগা)
হাঃ - সিননিহাই পেম্মা ---

মৈচোন্ - খেঙ্জোং য়াওদ' থম্বাল্ শাৎপগুম্
মখোল্ থোক্ত' লোল্লিবা মরোল্‌সে --
হো করি মরোল্‌নো, নাতোন্ তুম্?

থোক্ - হাঃ হাঃ মতাং অসি য়ৌরদি
নত্তে খঙ্‌বা নহোয় অপঙ্‌বী নুপীনা,
তোঃ তোঃ উরেদনা কম্‌দৌই!
নাপী মরকতা তারিবা
তল্‌গী পেকেৎ অচৌবসে --
পুরক্‌উ অদুক্ লাউনে সিদদুম্
কাক্ ওমোর কারুবীসু
পাইখ্রে অমুক্ শোরাৎ মফম্‌দা

মৈচোন্ - (চেরঙ্‌ং চেখাউদু মখোল্ থোক্না সেৎতৎলি)
ইঃ করি তম্নোহাই সিদে --
(ঈশৈদা) নুংঙাইজরেদা তাউজরে (২)

থোক্চাও লম্হূয়গী নুপী ওইরুবা
সনাগী থম্বাল্ অশংবা থরো (২)
ইরাইবক্তবু শাৎলরে-ও-শাৎলরে।। (নোকমীম্নে)

থোক্ - ইস্ কারুবী মাবু থাগৎলুবা
লম্মন্ অমুক্তদি মখুম্নলগে
খল্লম্নেদনা নঙ্দি মৈচোনবী। (নোক্ই)

মৈচোন্ - (নোক্লগা) হা হায়ো খন্দবদি মৈতৎপা তস!
(খুৎকাপ্পী তেক্)
ইঃ করি করিনো সিদে –
ওম্থোক্না য়াম্মেদা পাম্মুবা।

থোক্ - মায়াগী পুন্সি ঈপাক্তা
নী-নীগী চেঙ্জেল্ লোইদুনা চৎখিবদবু
অসুক্ য়াম্বা থোক্সিদি
থোক্চাও ঐনা চাদনা
কনানবু চাবীনি।
ঙসিগী তাইবঙ্ পুন্সিদা
শিংলে থোইরে হায়দুনা
মকম্থিনা মরল্ ফোয়দৎপা
তাইবঙ্ মীমুক্ পঙ্বসিদি
লৈতে কনা তাইবঙদা।
হাই পেম্মা, খুম্মুদনা নহাকস্
সিদবু ঐনা লাল্লিব্রাও?

মৈচোন্ - (নোক্লগা) হো শিংমন্নসু শিংমন্খ্রে,

পশিং থেক্লে পাম্মুবাও!

থোক্ - মশানা তাবা ঝাফম্নে
তাক্লরুবা নাইদবা।
ইস্ ওস্থোক্লা য়াম্‌খ্রেদা মথেল্‌সে
লড়ু পেরা সিংহারা
জিল্লিবী নিমিকি কচৌরী
তল্‌ঙৌ তলঙাং বরফি
শুরে লোইনা ঙম্নমক্
চারসিদো পেম্মা লাও।

মৈচোন্ - নপুন্সিগী চাদ্রিবা অসুক্ য়াম্বা মথেল্‌সে
কাদি পঙ্‌হেন হেনবীনু।

থোক্ - ইঃ করিগীনো অদুদে?

মৈচোন্ - থবায়পানবশিং মরক্তা
থোইনা হেন্না শিংলিবা তাইবঙ্ মী,
পঙ্‌বদসু নম্বর ঝান!

থোক্ - মহু চাউবদসু নম্বর ঝান্!

মৈচোন্ - অদুনবু থথা নত্তে,
কেগে থাওগা য়াল্লম্নো
মাইবা মাইবী ডাক্তোরা
লৈবা নত্তবা ঐখোয়দি
হঙোই মীশি করাংফাক্তা শিবদো
হো য়েংবা ঙমজরোইয়ে ননাওনা।

থোক্ - অ-আ মতম্‌সিগা হায়রুরদি
মদুমদি চুম্মৈহে মৈচোম্বী,
চাথোক্তনা চারুবা
অহাও-পোৎলম্ হায়দুদি
খরা খজিক্ চারগা
কোন্না অমুক্ মচানি।
নঙ্‌সু নশা লুম্লিগৈ
হাক্লা কায়া হেন্‌ফরোইকো।

মৈচোন্ - হো ঐনা ঐনা তৌজবা
ঐনা ঐনা ফংবনে।
লাইনা পীবা ইনাতোন্
শীজিন্নৌ হান্না ঐখোয়দি। (অনীমক্ চায়)

থোক্ - ইস হাওদি হাওখ্রেদকো
অদুদা হেক্ তাই হাই পেস্মা,
সে সে অদুক্ য়োম্‌শিল্লো।

মৈচোন - অদুবু অসুক্ য়াম্বা মথেল্‌সিবু
কদায়দনো লোৎতোরিবা?
হায়য়ু অদুদুম্ হান্নদুম্।

থোক্ - ইয়া, অদুক্ লায়বা বাফম্বু
খঙদে করিগী অপঙবী।
য়েঙ্‌ঙু উদরা আদৈসে,
লোইবী চীঙ্‌মায়সিগী নাপোম্‌দা,

খুদেং শানা কোন্নিবা
তোংলপ্ নাক্‌চেপ ওইরপ্না
শুরুং অমা উরিসে।

মৈচোন্ - এঃ কদায় কদায় কদায়দা?

থোক্ - তোঃ তোঃ আদৈসে —।

মৈচোন্ - ওঃ উরে উরে ফজখ্রেদা লম্‌দম্‌সে।

থোক্ - লেল্লসি অসিদা হেক্তা ঐখোয়'নী
ঙসি ইনুংসিমা পাঙ্‌নবা,
হেন্না খুদোং চারল্লো
ইচা পীশক্ ময়াম্‌গী
ঝাংগোন্ শঙ্‌দুম্ ওইথোক্কে।
(মোৎতা অমুক্ ঈশৈদা)
শাবী লাও লাও চৎসি লাও
কল্লক্‌পা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী
মাঙ্‌দা থারো লাও।

(তল্ অরেম্বদু পায়দুনা য়াম্না নুংশিন খুৎশম্নদুনা চোং চোংদুনা চৎমিন্নে। বেক গ্রাউন্দসু শাবী লাও লাওগী ম্যুজিক)

- লাইট ওফ -

(৪)

মফম্ ঃ কৈ মকোল্ শুরুং মনুং।

মতম্ ঃ অয়ুক্কী য়েন্দা অঙন্বা, উচেক্ ৱায়া খোঙনরক্ই।

(মৈচোন্বীদু নাখোক্তুনা তুন্মী। মকোল্ থোক্ফম্দগী থোক্চাওনা)

থোক্চাও - হাই হাই তারিব্রনহাই মমা
হৌগৎলো কৈদৌরে মৈচোন্বী।

মৈচোন্বী - (তিংলি য়াংলি, হকাম চন্না)
হাইমা ওঙ্গোক্লসু তঞ্জখ্রে করিনো
ওইসু ওইহন্নীংখ্রবোইদা মমাসে —
(মোমোন্দা কেনা) হো মোই ববাও তস্!

থোক্ - হো হো অদুনি অদুনি
মমা হায়বা মহাক্ অদু
য়াওদনবু হৌনব্রহাই তাইবঙ্ শেম্ববো?
মপা মহাক্ য়াউদনদি
য়াবনিদা য়ুম্লিংবা,
খঙদে করিগী অপঙ্বী।
ইখোঙ্ অসি তেক্লসু
ইচা মখোয়গী মপান্দি
চাখিনিদনা পুন্সি অসে।

মৈচোন্ - হহাইয়ো পাশিংসো!
চারনি চারনি শোয়ররোই।

সিদগীদি য়েংঙ্‌ভুদনা কম্‌দৌগে
ঈশিং ইচাওগুম্‌ ঈনোৎ কা,
ফেৎ ফেৎ লাউনা খাঙলক্‌পদা
উমং ৱামং নুংঙাইবা
চেন্না চোংনা শান্নভম্‌
ইয়ুম্‌ ইকোন্‌ লৈররোই।
শাগী কাঙ্‌লূপ্‌ ঐখোয়দি
হা হা কারবু লাউদৌরি
খঙ্‌দে করিগী মসিদি ?

থোক্‌ - লাকখিনি অদুইসু মতম'মা
থোইনা হেন্না ৱারুনু,
মীওইপোক্লি অথোইবা
ফত্তবা ঙাক্‌ ওইফরোই
অফ-ফত্ত য়ান্ননা
তাইবঙ্‌ অসি শেম্বনি,
কাউই করিগী মসিদি ?

মৈচোন্‌ - (নোক্লগা) আ আ অদুবুদি কুইররোইদনা
উ-ৱাঁ উ-ৱাঁ য়ৌ-য়া য়ৌ-য়া,
য়েংনরসি কুইররোই ——
হো মমা মাসু ফংলনিয়ে পাম্মুবাও ! (নোকমিন্নে)

থোক্‌ - হাঃ হাঃ অদুনিদনা অঙাওবী,
পুল্লি অসে অসুন্না

খরা খিৎসু মনোক্‌সে
ৱাদুনা ঙাক্ লেম্বা য়াবরা হাঃ ?
ঐখোয়গীসু মতম্ লাক্‌খিনি:
খাঙবদা কল্লু পেম্মা নঙ্
ফম্মেন্ ফম্বা ফংনীংল দি
অদুদনে, ঐনা কিবা হায়ববু !

মৈচোন্ - এঃ করিনোনে হায়রিসিবো ?
থোক্ - (নুংঙাইতনা) ওঃ ইখোঙ্ ফঙ্‌ঙী তেক্লবা,
আ হায়ররোইদা ৱাফম্‌সে —।
মৈচোন্ - এঃ এঃ এগী থোক্‌চাও নাতোন্‌তুম্নবু
পাইমা পীবুক্ অদুক্ নৌবদি
মৈচোন্‌বী ননাও লৈরিঙৈদা
য়াদে য়াদে, ঐদি য়ারোই।
হো মোই বাবাও, পক্‌চদেয়ে ৱাগনো
(মচিন্না চুপ্-চুপ্)
থোক্ - আ, অঙাং মশীংগী ৱানিদা
অদুদা য়াম্‌দবনদি ফৈদনা।
মৈচোন্ - (নোক্ল-নোক্ল) ইহে খঙ্‌বীরিবোইরে অদুদে।
মমা ওইবা ফংদৌবা
ঙসি হয়েংদা মঙাইরে;
মমা ঐহাক্ লৈরিঙৈ
করিগী অদুম্ ৱাকনি

হো-ঙরাং ঐনা হায়খিবদুদি
নতৌ য়েংগে তৌবনে ইবুংঙো।

থোক্ - অদুবুদি নোংমৈ নোংমৈ অসুম্ অসুম্
হেনগৎলক্লিবা মীগী মখুত্তা
গৌরমিঠাই মীশি নংলবা, নঙ্গী ঐগী শাগৈসে
নহাক্ ঐহাক্ থক্সিদা
হেক্ মুৎহন্বদি হৌনদে।

মৈচোন্ - হো-মানে, অদুনে আশাজাও!
হৌজিক্তদা খঙ্ঙেদনা মৈতৎপা,
(ঈশৈদা) কাইননবা উনরুবনি
খঙ্ননবা চান্নরুবনি
থম্মোয়সিনা নহাক্পু
পুন্সিসিগী অঙন্বা অয়ুক্ অমদা।

থোক্ - (ঈশৈদা) অদুবু অদুবু অদুবু –
ঐহাক্কী বাখল্ নহাক্কী মিৎয়েং –
তাইবঙ্গী শিন্থাদা
মাঙ্থ্রসনু লুপ্থ্রসনু
লেপত্রবা মতম্গী অকন্বা ঈচেল্সিদা ঈচেল্সিদা।।
(খোঞ্জম্দা অমুক্ নোক্লগা)
হাঃ হাঃ নুংঙাইহৈ, নুংঙাইহৈ।
থোক্চাও লমহূয় মতৈ মনাওসে
নুংঙাইরেদা ঙসিদে।

মৈচোন্ - (নোক্লগা হায়খিবদাইনে মৈতৎপা –
"সিনিদনা পুন্সি!"
মমা ঐহাক্ লৈরিঙৈ
নমিৎ ননাদা চোইবীনু
হো-ব্বাবীরুনো থম্মোয়গী থোক্চাও!
থোক্তি ফনা মহৈরে হায়বু
মশাবু লায়েংবদি হৈত্রিদনা সিদে, –
হো-চাউগদবা ব্বাৎলিয়ে, –
কদায়নো নখোঙ্দু তিংথোক্উ
লেক্থোক্পীগে ইরৈসিনা
মিৎনা কৃপ্পদা ফহন্গে।
থোক্ - এঃ নচীল্ নয়াসু শেংদনা
অদুনা অমুক্ করি চোইরোম্নো থোক্পী?
(থোক্চাওগী মখোঙ্ ফাদুনা চিংথোক্লগা)
মৈচোন্ - হো-তিংদা তিংথোক্পীয়ো
ননাওনা হায়বদা ইম্বীয়ো
নুপী ঐখোয়বসু থাজবীয়ো –
সিদগীদি লৌরী য়ুম্ফম্,
নুপী অঙাং কাদদি
চুম্না চৎলুহাই মৈতৎপা
ইৎশুঃ ইৎশুঃ ইৎশুঃ। (মরৈনা শর্ শর্)
থোক্ - এঃ অয়ো য়ো অয়ো য়োহু

মৈচোন্ - হাই করিগী অয়োনো?
খরা খিৎ ফৱবরা য়েংলোদনা।
থোক্ - (ঙক্লা) হাইমা এঃ এঃ করিনো সিদে।
(অনাবা মখোঙদু কাউদুনা শান্নে।
মৈচোন্ - হো লাইবানে লাইবা-লাইবা!
মুনা শীন্‌বা অঙ্গুরদো
হেক্কুরসে চরোং চরোং।
থোক্ - নুংশিতোম্বী ইবেম্মা,
য়াবে, হৌজিক্তি হেক্করোই।
এঃ করিনো মন্‌মসিদে —
ওম্বোক্লা হৈনদ্রে করম্নো
করিনো সিদে, হৌনবীরা?
মৈচোন্ - নখোঙ্‌দু ফবদা মঙাইরি
নতাৎ অমুক হৌরব্রাও?
থোক - ননাতোন্দু থাঙ্গৎলুনে
য়েঙঙুদনা পেম্মা নঙ্।
ছঁম্ সিবু ঐনদা মহায়বরা?
(তল্ পুথোক্লুনা মনম্ নম্লগা)
উম্ ঐখোয় তল্‌গী মনম্‌সু
ছঁম্ নত্তেদা সিদি তল্‌নম্‌দি।
মৈচোন্ - (কোয়না শুৎ শুৎ নম্লগা)
ইস্ অসুক নম্‌থীবা মনম্‌দি
ঐদি মখোয় বাবানা;

ঙরাং হাখিবা সন্দেসগী —।

থোক্ - (মরক্ থৎনা) হাই মসিমা! করিনোদা নুপী;
ইমৈ মতৎসি হেক্, কেন্‌থ্রগে;
ওম্বোক্‌পা বাবু ঙাংলেদা।

মৈচোন্ - (নোক্লগা) এঃ এঃ লৈরেদনা, লৈরে লৈরে।

থোক্ - হাঃ কদায়দা করি লৈরবা?

মৈচোন্ - (খুদোম্বী) তোঃ তোঃ সিদৈসে-সিদা।

থোক্ - হুঁম্ সোইদ্রে সোইদ্রে সিননি,
ওম্বোক্লা ফনা হৈনবু চিখরম্লেদা মাদি।

মৈচোন্ - মুশিল, হেক মু ওম্বোক্লসু য়াম্মেদা।

থোক্ - ইস্ শিরম্‌গনিদা ঐখোয়'নী
মায়পাক্‌পা লৈরে শোয়ররোই,
হাই অরাংবগী মকোম্নীনে
থোঙ্‌বাদা পক্লিবা মতুশিংসে
য়েঙঙুনে অদুক্ নহাকসু।

মৈচোন্ - ইস্ অওইবরা হায়রিসিবো!
করম্নো অদুদি ঐহাক্তী
ঙসি হয়েং খঙ্‌দ্রদা।

থোক্ - (শাউনা) চখোহাই মসিমা,
তাঙ্গাসিদবু করিগী
মৈম্লে অমুক্ লাংলিবা।
থীম্লে থুরো কদায়নো
তন্য়োম অদু পায়য়ুনে।

কদায়দনো মচি'মদা
নুমিদাংবাইরম্ ফাওবদং
লোত্তুনা অদুক্ লেম্লুসি।

মৈচোন্ - (পাখংনা) হো লোইরে লোইরে চংলসে।

থোক্ - অদুগনে।

মৈচোন্ - করিনো তাকপীয়ো।

থোক্ - কোরৌ মৈশা অয়াক্পা
বারেগকা হায়দুনা
তুম্বা লাক্পা য়াফরোই,
লাক্ও লাক্ও চংলসি।
ইমৈ অসে থংখিবা
লম্মন্দদি খুম্খিগে,
খঙ্গনিদো মায়পাক্পা।

মৈচোন্ - হো হেক্তা চেম্লসে
নখায়, ইখায়দা হিংখিসে
কদায়নোনে নখুৎতো
মতুং চাম্মরক্ লৈরিয়ে।

(মৈচোন্না থোক্চাওগী মখুৎ পায়দুনা চেনমিন্নখি।)

(নোঙ্গীং ম্যুজিক্)

**- লাইট ওফ -**

(৫)

মফম্ ঃ কৈ মকোল্ মমাঙ্
মতম্ ঃ নুংদাংৱাইরম্।
(ৱাক্ পাইরক্‌ই)

ৱাক্ - ৱাক্, ৱাক্, ৱাক্; ৱাক্!
চীন্দুম্বা মতৈ মনাওনা
লাক্লবিখিদা ফনা হৈনা
হে ৱাক্ ওমোর কারুবী
তোল্লি তোল্লি পীতম্বোর।
এঃ করিনো তৌরিসিদে মসিদে।
(মায়পাক্‌পা ৱানা চঙ্‌লক্‌ই)

মায়পাক্‌পা - ঙরং-ঙরং-ঙরং-ঙরং —
মীশা চানীংঙীদা; মীনু নম্নীংঙীদা;
ঙরং-ঙরং-ঙরং-ঙরং ।
ইনুং চুপ্প'মা কোয়ববু
উতিল্ মিৎতাঙ্ৱীফাও হেক্ ফংদেদা।
নীনী হুম্নি চৎনগদবা,
মাগী থোক্চাও হায়দুসু
কয়া হৈনা নাম্থোক্‌খ্রে
(মোৎতৌবা) - "তৌরা নত্তে ইমৈনি;

ইমৈ নত্তে তৌরানি।"
ওৎলৈ পাৎলৈ লৈবদা
মমৈ ফাওদি থৎখিদনা ঐহাকসু
এঃ কদোম্দগী তল্নম্নো
ইস্ লৈঙম্দেহাই করম্নো
ইমুঙ্দগী লাক্পরা?
(ইমুঙ্দা চঙখি
উপু কাংথোল গ্রোং গ্রাং লাউবা
মখোল্ তাবদা নাথৈদুনা
লৈরম্বা ক্বাক্ বিবিনা)

ক্বাক্ - ক্বাক্ ক্বাক্ ক্বাক্ ক্বাক্!
এঃ কৈনো কৈনো অসিদে, —
হো দাদায়াইমা মায়পাক্পা
লাঞ্জিং পুরেল্, মথং খন্বাও?

মায় - হাই -
মীনা অসুক্ শাউরিঙৈ
করিনোহাই ক্বাক্ বিবি কারুবী।
তানিংদে চৎখ্রো পাইখরো।

ক্বাক্ - উপু কাংথোল্ শল্লাক্ সা
চফু উয়ান গ্রোং- গ্রাং
নয়ুম্ মথক্ মখা ওন্'মখৈ্
হো করিনোনে থিরিবা
দাদা য়াইমা মায়পাক্পাও?

মায় - ইয়া, মতোইনরহে শক্‌থীবী
তল্‌নম্ নম্মী থীবনি,
নশিল্ করি লৈবগে?
পাইখ্রো হায়রে ঙসাইনা
অহিঙ্ চুপ্পা'মা চারক্তবদা
খোয়দৌনা খোয়দৌ শাউগৎপনে
ঙসিদি কাক্ চাবা শোয়রোইকো
কাক্ - এঃ কিজরেদা, করম্নো সিদে —
তাক্‌পদদি তাক্‌পীরম্‌গে অচুম্বা —
থোক্‌চাও লমহুয় মতৈ মনাওনা
থোক্ তৌদুনা লাক্‌পীথিবা
হো ঐগী তল্‌গী তল্‌নম্‌নে
থিয়ু থিয়ু মাঙ্‌ফরোই
খঙ্‌ননবা থিয়ুকো।
মায় - ইয়া, মসিগী কারুবীসিমক্তা মহাৎলগে
আঁউম, - ঙরং ঙরং ঙরং ঙরং।
(চোংশিন্নি, কাক্কা চেন্নি)
কাক্ - এঃ এঃ মতান্নিদনা সিদে করম্নো —
য়োংদা সিন্দুর পীরুদেদনা ঐহাক্তি
হো চচ্চরে চচ্চরে,
চচ্চরে মায়পাক্‌পা, কাক্ কাক্ (পাইখ্রে)।
মায় - (হিশিশিনা নোক্লগা) হাঃ হাঃ পাইখ্রেনহাই শক্‌থীবী।

ঙসিগী তাইবঙ্ অসিদা
অপীক্পা জীব, অপীকপা কাঙলুপ্ হায়সিসু
ফন্দি তোম্না পাল্লিহাই।
মতৌ য়েংগেদা তৌবদা
মমৈ মনা থেক্কৎলা
কয়াদা য়াঙনা পাইথ্রবা।
ঙসি ঐগী ইমুঙ্দা
নম্লিবা তল্গী তল্নম্সে
মাগীনিসু মহায়রম্মী
থোক্চাও মতৈ মনাওনা
মুন্খিবনিসু হায়রম্মী,
য়াইমা ঐনা ফিংবদা
অরেপ্পা অমত্তা হেক্ খঙ্হৌদেদা।
ইয়া, খঙ্গনিদনা মৈতৎপা
য়াইমা ঐগী খুবাক্তা
নথায় মঙা খপ্কেদো।
(শাউনা চৈগপ, চোংথথলি। চেন্খি।
কদম্দা থোক্চাও থোক্লক্ই)

থোক্ - (কদম্দা মুক্লুনা) ওঃ নুংশিদা! (মচীম্না-চুপ্-চুপ্)
পঙ্মম্নসু পঙঙীদকো মায়পাক্পা।
নশাবু নমিনা ইম্নবগুম্
নঙগী খোঙ্থাঙ্ য়েংদুনা লেপ্তনা ইম্নবা থোক্চাওনি

'সিবু খঙ্দবা নহাক্পু
শিংঙী করম্ হায়সিগে।
হাই পেম্মা নঙবু তারিব্রা?
থোরক্লো মৈচোম্বী য়ারেহাই।

মৈচোন্ - (হকাম্ চন্না) কোরৌ মৈশানা য়াক্পনে,
ৱাংলেন্, ঙাইহাক্ উইরুঙৈ
নুমিৎনা চীংয়া থাংলন্নে
তময়ানা কোরী চেন্নেদনা,
ও; মায়পাক্পদি কমদৌখ্রে?

থোক্ - মায়পাক্পদি অরাংবা
থোক্চাও ঐগী ইহাক থক্
কারুবী মাগী মপাউদা
চাক্খ্রবোইদা মথম্মোয়
নার্দনা নারায়ণ্, শোম্বগুম্
কোলোয় ঐগী শোন্দুনা
ফেরেং চৈগপ্ চোংলমলা
তকসী শোন্দুনা চৎখিবা
খঙ্হৌদেহাই চাক্ইহাই।

মৈচোন্ - (নোক্লগা) ফংলনিদনা অদুদে
হূরান্বনা অৱাং কা —
তান্নবনা মখা কূম্ —
হায়বদুদা তারে হাই (নোমিন্নে)।

থোক্ - অদুনি অদুনি কান্নদেদা পেম্মা,
অপঙ্বগী মরল্দি অশিংবনা চাবনে।
মায়পাক্পৈ ময়ুম্ নুংঙাইবা
ওইরনি সিদৈ' থোক্চাওগী
ইয়ুম্ লিংদে হায়দুনা
নহান্ মখৈ ঙাংবদো
নুংঙাইরবা ইয়ুম অমা
ফংলেদনা হৌজিক্তি।
লাইনা তম্বা থোক্চাওগী
লাইনা তম্বা ইয়ুম্নি।

মৈচোন্ - (নোক্লগা) এঃ থোক্চাওগী থোক্লাই করম্বা
করি লাইনো য়েংনীংখ্রেদা।

থোক্ - হাই লাই হায়বা মহাক্তুদি
উবা ফংবা নত্তেদো
সিনিদনা লাইনা তম্বা।
সিদগীদিনে —।

মৈচোন্ - হায়থবীয়ু হায়থবীয়ু।

থোক্ - মোন্ মোন্ লাউনা নুংঙাইবা
অরাংবা মাগী ফমুংসে
তাইবঙ্ মালং ফাওদ্রিবা
ইচা পীশক্শিংদুগী
ৰাঙ্গোল্, শঙ্গুম্জরুরোহাই।

মৈচোন্ - অমুক্ লাক্লদি কম্দৌবা ?
থোক্ - ইথৌদাংনি অদুসু
নশিল্ লৈতে নহাক্কী।
মপা ওইবা ঐহাক্না
থোক্চাও হীরী কোন্দুনা,
থোঙজিল্, ময়া অসিদা
দাদা য়াইমা থোক্ তৌগে
য়েঙ্ঙুদনা নুপী, সিনিদনা নুপা !
মৈচোন - (নোক্লগা) হো ইবুংঙো নাতোন্ তুম্
মৈচোন্বীগী থোক্চাও মৈতং
মোন্দ্রং চুবদি হৈক্লেদা
নঙ্গী থোক্কী তাম্বাদা
খোঙলৈ চাবী নুজাগুম্
পুন্সি জগোয় শাজগে
নুংঙাইরে নুংঙাইরে সিনিদনা নুপা। (চঙ্খি)
থোক্ - আ- অদুনি অদুনি
চঙ্লো চঙ্লো পোত্থারো।
(ম্যুজিক্কী তাম্বাদা থোঙ্জিন্ মপান্দা
থোক্ থোক্ চিংনা উইদুনা লৈরিঙৈদা
লমহূয় মচা পোক্পগী উ-বাঁ (২)
থোক্চাওদু খঙপ্রেক্ খঙ্না)
ইস্ নুংঙাইরেদা শরীসো,

হাঃ হাঃ অদুনিদনা মৈচোম্বী
হিংনবা পোৎনা তাঙ্বদা
শাগে চাউগদৌরেহাই কুম্শিদি।
মৈচোন্ - (মনুংদগী) ইস্ঃ থোক্লক্পদা মঙাইরিঙৈ
অসুক্ লাওবা অঙাংশিংসিবো
ঐবু হৈনদৌরিব্রাও
হো তৌরিসিবু করিনো?
থোক্ - এঃ এঃ হায়হৈদেনে মৈচোন্
তাইবঙ্গী শিম্বানি, মপুগী য়াথংনি
নঙনা ঐনা কক্ফরোই।
অচান্ মীরায় নাইদনা
য়োক্কদবনি ইচাশিং
লাবা অমোম্ খায়ফরোই
নাওকোন্বীয়ু নীংথিনা। (চঙ্লুরগা অমুক্)
ইস্ মশীংদি (মীশিংদি) য়াম্মৈ হাই
নুংঙাইরেদা থোক্চাও ঐ
মপা ওইবা ফংজরে।
ওইরেদনা নহাকসু
মমা হায়বদো ঙসিদৈ।
মমা-মপা ওইরবা,
মচাগী মায়থোঙ্ উরবা
ঐখোয়দগী হেম্ববু
তাইবঙ্সিদা কনা লৈ?

আ-মপুগী থৌদাং পাঙ্‌নবা
তান্নরিবা তাইবঙ্‌না
মসিনিনে মৈচোন্‌বী।
চারো চারো তল্ অদু
ব্বাররিনি পোখারো,
অদুক্ য়েংখিগে মায়পাক্‌পা
(অমুক্ উইথদুনা ফন্নিভৈদো মৈচোন্‌গী অঙাং কপ্পী)

মৈচোন্ - এঃ ইমুঙ্‌গী লান্‌গা য়াউদমখৈ
হাইমা করিনো তৌবীরিসিবো!
মাঙ্‌জরেদনা ঐহাক্তি
অরাংবা লাক্লবদি নমখ্রনিনে লুসম্‌দা
হো মখোয় বাবা মৈতংপাও
হোকনাগী মঙ্‌লাম্নো?

থোক্ - হীঃ করিনো চাক্ ঙা, চাক্ ঙা!

(লুশম্ পায়দুনা নীক্‌পদা খঙপ্রেক্ খঙ্‌ঙী থোক্‌চাও)

**- লাইট ওফ -**

(৬)

মফম্ ঃ মায়পাক্পগী মকোল্ মমাঙ্।

মতম্ ঃ নুংদাং নোংঙাল্লম্দাই।

(শুরুংগী ফক্লাংনা খন্খিদুনা মায়পাক্পগা থোক্চাওগা উনবদি ফংদে। মায়পাক্পদু শজী অশিব'মা চিংদুনা লাক্ই)

মায়পাক্পা - মীশা চানীংঙীদা মীনু নম্লীংঙীদা
থোক্চাও চানীংঙী থোক্চাও চানীংঙী।
(সুৎ-সুৎ নম্লগা) ইস্ তলগী তল্নম্ নুংশিবা
ঙরাংদগী কোকত্রিহাই।
থোক্চাও হায়বা চীম্থিবা
নায়েদুনবু লৈরব্রা
খঙ্গনিদো ঙসিদি
মায়পাক্পা ইতিক্ খঙ্হন্গে
ঙরং ঙরং ঙরং ঙরং আঁউম্।
(থোক্চাওদু কিনা মানা থাঙ্গৎতুনা
তারম্বদগী মঙক্ নোম্দুনা)

থোক্ - (লোল্লপ্পা) হাই হাই তারিবরা মৈচোম্বী,
হাই, মমা নঙবুনিনে তুম্লিব্রাও?

মৈচোন্ - (ফিংনা) এঃ কদায়দগী তুম্ য়াদোইবা!
অহীঙ্ চুপ্পা শুরু শুরু
নৈবদদা মখোয় মরি মঙানা

ইপুম্‌ থীৎলে ইশাসে —
চাউবা ঙাইবা ৱাদৌরিদা
নিংঙাই ফত্তবা নচাশিংসে।

থোক্‌ - ইহে, মীনা অমা হায়রগা
মানা অমা মখুম্মী।
য়ৌরক্লেনে অরাংবা মায়পাক্‌পা,
লাংলক্কনু খঙলেদনা
ঙরাং ঐনা হায়বদো,
চিংখবা য়াদে অমত্তা
মতাং চানা ফুধৌকো
নচাশিংদো কপ্পবা।
নাজসনু ৱারুনু
থৱায় তরেৎ কপ্সিকো।

মৈচোন্‌ - খরা তপ্পা ঙাংঙুবা
তারম্লদি কম্‌দৌনি?

থোক্‌ - তানীংলগা তাসনু
কৈনবু লম্‌হুয়গী মরোল্‌ খঙ্‌বরা হা?

মৈচোন্‌ - ইস পাঙ্গল্‌ অসে খজিক্তং
কপ্পম্লবদি খঙ্‌লম্‌গদবনি, চাক্‌ইদা

থোক্‌ - ইহে চাক্‌পা চাক্তবা ঙাইখোহৈ
এঃ লোম্লিবা চোইরোম্সে তাসি হাই।
(কৈনা ঙরং ঙরং ঙরং ঙংলিঙৈদা ছেৎ ছেৎ

লম্হূয় মচাশিংনা উ-বাঁ (২) ইঃ ইঃ (২),
অমুক্ লেপ্লিগৈদা)

মায় - আঁউম্ কনা কনানোহে!
(থোক্চাও খংঙী)
মোংবা ইরান্দা নয়ুম্, সা
নুংঙাই য়াইবী মরাং হৌ
কয়া নুংঙাইনা পাম্লিবা?
ইয়া, নরীল্ ফবা কনানো হাই
হূয়কপ্লা ? চীংশাংলা? খেন্দেরা?
চাইরেঙ্গা? চায়নসি-হায় থোক্লক্উ।
(অঙাংশিংদু অমুক্ কপ্লক্পদা মখোল্ ওন্দুনা)

থোক্ - (খৌদেম্দুনা) হাই হাই নুপী নঙ্বু করিনো?
অঙাংশিংদুবু অদুম্না
করি থৌগী কপ্পনো থেম্মুদনা অদুক্
মমা ওইবী নহাক্না।

মৈচোন্ - করিনোদা অথৌবা !
হো নিংঙাই ফত্তবা নচাশিংসে --
চাগেকা থক্কেগা করিনো। (অঙাং কপ্লক্ই)

থোক্ - মরম্দি ইহায় হেক্ হায়দে
ইনুং মমৈসিদবু করিবু চাগে হায়রিবা?
করিনো অদুক্ পীজৌ হাই।
ৱাৎহন্দেনা করিসু

মহোয়দমক্ ঐহাক্না।
মৈচোন্ - হো ইবুংঙো পাঙ্গনবাও,
নিংঙাই ফত্তবা নচামখৈসে
কৈ চানেয়ে কৈ, কৈমক্সু কৈজাও
থেম্বা লাক্পা ঙম্দেদা
ওহ্‌োক্না বাদৌরিকো মখোয়সে।
শামু লৈরৌ ময়াম্সিসু,
শুজা নল্লে হায়দুনা
চাও য়াদে অমত্তা
থোক্ - এঃ থীদা, অদুগীবু কপ্লিবা
ঙরাংদা ফারক্পা কৈজাওদো
ঙাফক্ ফক্লে হায়বদাই
লৌথৌদনা শগাইদৈদো
পীজৌ পীজৌ ইচাশিং
মহোয়দমক্ ফাববো, চাজসনু।
মৈচোন্ - কং মরৈমক্তা হেক্ পোক্ইদা,
ওহ্‌োক্না থীথ্রবা লাইবক্নী
দুনিয়াদা অনী শুরম্মোই
ইনুং মমৈসিদবু কৈ অতেক্পা নৎত্রদি
চারোই হায়রিয়ে ফত্তেদা।
হয়েং ইনুং ঙাল্লগা
মকোন্ মকোন্দা নাখোক্লিকৈঙে
(মায়পাকপা খংঙী

শজী থাদৈ, কিবনা নীক্ই মশাদু)
চঙ্মেৎ মেৎকে হায়বসু
য়াদে করিনো অমত্তা।
হো মখোয় ববাবু
অম্বাই ফাওবদং য়েংবিরুগে হায়বরাও ?

মায় - (পাখৎনা) হীঃ করিনো করিনো
করম্বা জীব ওইরিগবা
ঙমু, ঙক্রা, পোরোম্গী
লৈরৌ, ঙাফক্সু নত্তবা,
শামুনা লৈরৌ শারবা
কৈরেন্না ঙাফক্ ফক্লবা।
ইকোন্দগী চঙ্মেৎ-মেৎ (থক্ থক্ নীকই)
কাইদাসিদবু ইকোন্দা
তুম্গনি কনানা নীংঙাইদনা।

থোক্ - হাই হাই ইচা-শা কপ্কনু
য়েনখা পাউদাবা, শাইজিন্ পোল্লিব।
লৈরক্ সাথৌবা, খোংবাল লাল্লুম্বা
লম্মোন্বা কৈনাও শক্থীবা
লৈব্রা অদুক্ য়েংলুগে হাই।
হাই নুপী, কদায়নোনে পাফোইদো
খরা অদুক, লাল্লকউ
ইচাশিংগী মায়পাক্পা চপ্লুগে।

মৈচোন্ - হো সিদা লৈরে পায়বীরো।

থোক্ - আ কদায় কদায়
ইস্‌ নন্নিবা কৈনম্‌সিদে –
কৈ ঙাফক্কী কৈনম্‌সু নত্তেসে, –
সিননিদনা, ইচাশিংনা কপ্পদি।
অতেক্‌পগা লৈবরা
য়েংলুখিগে অস্বাইফাও।
মৈচোন্ - হো ঙাইবিখো ও অমুক্তা।
থোক্ - করিনোনে ফরক্তা অমুক্‌।
মৈচোন্ - হো ফরক্‌ নত্তেয়ে,
আ মায়পাক্‌পা হায়বরা
দাদা য়াইমা হায়বরা
করি হায়য়ে কৈনাও মা
হেক্‌ হেক্‌ লাক্‌ই হায় অতোম্বনা
অদুনে চাগে হায়রিবা। (কৈনা কিবা উৎলি)
থোক্ - হো হো অদুক্‌ য়েংলুখিগে
লীচৈ মরূদুনা কদায়দনোনে ঐবো।
মায় - (ফীংনা) হীঃ করি ঝানো ঝাতাসিদে –
পাফোইনবু কৈ চপ্পবা
আ য়ৌশ্রেনা করম্নো!
ইস্‌ লীচৈ মরূদুদি চাউরম্ননিহাই।
দাদা য়াইমা নিংথোল্‌ মাঙ্‌দ্রিঙৈ
মফম্‌ অসি থাদোক্তুনা

চেল্লগেদাহাই অরাংবা
শজীগকা চানীংদ্রে
লৌজহৌরো শ্বা। (হন্না য়েংবদা তুশিল্লগা
অমুক্ কন্না চেন্‌খি। থোক্‌চাওনা কিনা চেপথবা)

থোক্ - (মঙক্ নোম্লগা) আঃ নুংশিদা অরাংবা,
উনররোইদো মতুংদা অমুক্
নহন্‌ফম্‌দা হন্ত্রোহাই
নতেফম্‌দা তেরো হাই।
নঙ্ ঐ অমুক্ হন্না উনফদেকো সিদৈদি
চৎলো চৎলো গুরুগী য়াথংনি।
হাঃ হাঃ নুংঙাইহে সিনিদনা নুপী!

মৈচোন্ - (নোক্লগা) হোঃ অদুনিদনা নুপা।
ব্বাংলেন্সিদগী হেন্না নুংঙাইবা অম`মুক্

থোক্ - ফংলরোই ফংলরোই
পুন্সিসিদা ফংলরোই।

মৈচোন্ - (নোক্লা) শজীগকা চানীংদ্রে
লৌজহৌরো শ্বাঃ —

থোক্ - (নোক্লা) মমিৎ মনা চপ্ য়ুং
মমৈ ফীরাল্ শাখিবা —

মৈচোন্ - য়েঙুচোবা অদু দুম্
শজীগকা লৈ-লাকপ্রা?
ওহঃ পঙ্‌মন্নসু পঙভীদা,

মৈচোন্বীগী থোক্চাও মৈতংপাও?
হৌজিক্ ফাওবা কিরিমাল্লেনে (নোক্ই)

থোক্ - হাই করিনো হাই মসিমা
তরা লাক্লে তরা পা,
চাম্মা লাক্লে চাম্মা পা,
পাম্বা কৈরেল্ মহাক্পু
কিরোইদৌববু কনানো?

মৈচোন্ - (নোক্লা) হো ঙসাইব্রাইগী কাইদাদুদা
লিংজেন্না মতা ফখিবদুদা
হায়রুবগী ব্রানিদা নাতোন্ তুম্। (নোকমিন্নে)

থোক্ - আ আ করি কৌই মদুবু?
খঙ্লিরোইনে মদুদি।

মৈচোন্ - এঃ এঃ অদুদি করি কৌই কদর মপী?

থোক্ - "নুপী মমাঙ্দা পাম্বোম্ তিংবা"
য়াইবী থব্রায়সে খুবাক্তা হাপ্
ইচাশিংগী নহাক্কী,
ইপাম্বোম্সে তিংলমদ্রবা,
হ-হঁ নুংঙাইরম্গনিহাই পেম্মা
দাদা য়াইমগী খুবাক্তা
চঙ্না লাইরৈবাক্ য়ৌরম্গনিহাই।
(নোকমিন্নে, লৈথোক্তুনা
য়েংবদা শজী অশিবা উবদা)

হাঃ হাঃ অচুম্বদি হায়রম্মী হাই,
লৈরেদনা শজী অচৌব'মা
হাই থোরক্উ লাওনে মৈচোন্‌বী
ইথন্তনা চিংবসু ঙম্লোইদৌরি লাও হাইমি।

মৈচোন্ - ইস্ ওম্থোক্লসু চাউরেদা ! (মচাশিং কপ্পি)
মৈনিং কুম্বকা লায়রিদা
হো মোই বাবা, মোই বাবা?

থোক্ - ইয়া, মখোঙ্দু পায়য়ু হায়রগা।

মৈচোন্ - অসুক্ নুংঙাইবা নুমিৎসিদা
ইচাশিংসু লাংঙেমি,
ইস্ তরেৎনি চফম্দি লৈরেকো —
চিংলসে চিংলসে; সোম্দা সোম্দা।

থোক্ - হোঃ হোঃ পায়য়ু পায়য়ু
(মচাশিংনা উ'ৰাঁ উ ৰাঁ )
হ-হঁ সিনিদনা ইচাশা

ঈশৈদা - হরাউরো নুংঙাইরো (২)
নমা মৈচোন্বীগী থোক্চাও
মৈতৎ ঐগী লাংদবু
থুররে হাই শজী।। হরাওরো। + + +

মৈচোন্ - নুংঙাইরে হরাওরে
নুংঙাইবা মপাল্ শারেদা
হরাওবা ময়োল্ চোংলে হাই। নুংঙাইরে। + + +

থোক্+মৈ - সিনিহাই ইচাশা খঙহৌরো
লৌশিংনা শামু ফারে (২)
হো হায়ো হৈ হা + + + +।
(মচাশিংনা কপ্লি মকোন্দা শজী চিংশিন্খি)

**- লাইট ওফ -**

(৭)

মফম্ ঃ থোক্চাওগী মকোল্ মমাঙ্

মতম্ ঃ নুংথিল্

(লম্হুয় মচাশিংদু খরা চাউরে। খরনা মমাগা লাক্লদুনা শান্নরিঙেদা খরনা অনেম্বা উশাদা কাদুনা শান্নে। থোক্চাওনা মচি অমদা উইদুনা লৈরিঙেদা)

লমহুয় মচা অমা অনীনা (উশা নোম্লগা)

উ বাঁ, উ-বাঁ নোম্ নোম্ শগাই তোং

চানবা লৈতে তখেন্ থাঙ্ (২)।

(থোক্চাও খঙঙী মখুৎ অনীনা মনা মেন্দুনা খঙঙী, অমুক্ হন্না তারক্পদা)

থোক্ - (খঙলাওদা) হাই, মমা, মৈচোনবী!

(ময়ান্না চপ্ লেপ্লা ঙক্লুনা য়েঙঙী।)

মৈচোন্ - (কেনা) হাইমা, ইঙক্পু ঙক্লুরে ঐহাক্তি,

ইচাশিংসিগী মমাঙ্দা,

মখোয় বাবাই কাইদাদুবো

করি খুৎকৌ হায়দুনো?

থোক্ - ইয়া, করি কাইদা?

মৈচোন্ - হাইমা, কিজরেদা

হো কাইদা নৎত্রিবো অদুবো!

থোক্ - (শাউনা) মমা নহাক্ য়াওনা য়াওনা

থোক্চাও ঐহাক্ লৈরিঙে

ঐনা পোকপা ইচাশিং
করি থৌগী অদুম্না
লাঙ্হন্‌বনো হাই ইমাঙ্দা.
মহোয়দমক্ ঐহাক্না
হোৎনদবা করি লৈ?

মৈচোন্ - (নোক্লগা) হ হায়ো! অদুগী ওইরে মৈতৎপা
নৌজরিবা ইচাশিংসে --
চাননবা চীন্দবু ভাবকত্রবা অঙাংশিংগী.
হৌনশানে - হে হৌনশা।
চাবা শেৎপা খক্তনা
হিংবা যাব্রা হৌজিকপো?
চোংদ্রিঙৈ তাভম্ য়েংহৌদবা
হো নঙগী ঐগী ইরাননে।
শেন্নহৌদ্রবা মিৎকুপ্তা
অরেং অরেং পুথবদনি
শিদগী হেনবা ৱাৎলিদা --
সিসু পুন্সিনে পুন্সি,
হায়খিবদাইনে অদুঙৈ
ওম্লোক্লা থুনা কাউখ্রেদা।

থোক্ - এঃ এঃ নচা নাওরোল্ অমদা
হন্‌ মাক্লে কারে হাই (মচাশিং চেন্‌খি)

মৈচোন্ - আঃ আঃ নভৌদুদা চেনখ্রেদনা ইচাশিং

হায়দে হায়নি হায়বীগে — ।

থোক্ - ওঃ তাকপীয়ু করিনো ইবেন্পোক্।

মৈচোন্ - সিদগীদি —

ইচাশিংগী থকসি-খাশী

চাওখৎপা, চাওথবা, পুন্নমক্

মমা মপা ওইরবা

ঐখোয়গী খুত্তা লৈরবনে

নীজগে মসিতদি

কাউনগুম্সেবা, মোই বাবা কো।

থোক্ - (হরাওনা) হো হো অদুন্না ঙসাইনা হায়রদি

কয়াদা হরাওরে পুক্নীংসে

আঃ আঃ অদুনিদনা অফবী মমা।

(অরাপ্পগী খোঞ্জেন্দা নাকক্পনা 'গৌ গৌ'

মচাশিংনা উ-বা (২) অনীদু পাখৎলি)

মৈচোন্ - হাই হাই শিরনিনে নখোয়বো

কদায়দনোনে ইচাশা! (উ-বা-গৌ-গৌ)

মোই বাবা ইচাশিংসিবু শিরনেমি

হো চেল্লক্ও চেল্লকও সোম্দা (২)

(উ-বা উ-বা গৌ গৌ নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ

হোন্দুনা লমহূয় মচাশিংদু নাকক্পনা

তাল্লকই অমগ: অমগা কদম্দা)

থোক্ - ইয়া হাই হাই ইকায়দবা,

শাগৈগী মৈতাল্ অশিবা
নশাগী ৱাখল্ লীংদবা,
মপুনা থৌরগা চৎপা-হাই হুয়।
করি নতীক্ লৈদুনা
মনীং তম্না হিংজবা
ইচাশিং ফাগে তেম্‌শিংলি
লাউ লাউ চঙ্‌লক্‌উ
নতিক্ অদুক্ লৈরদি
চায়নসি হাই হন্‌গনু।
(মচাশিংদা গৌ গৌ খোংলুরগা)

নাকক্‌পা - এঃ করিনোহাই থোক্‌চাও থোক্
ৱাগী ৱাখোঙ্ থিদুনা
লংলা লংজিন্ কাঙ্‌নসি
খুনুনা 'থোঙ্‌দা কল্লে হাই
উরাও থরাওবনদি থোক্‌চাও
কান্‌নরোইদা করিসু
পারী পুরী থিদুনা
মীবু পীবন্ পাবম্বা
মাঙ্‌জবা নত্তনা তোংলোইদা মৈতৎ।

থোক্ - অচ্চা চা, মতোয়নরহৈ
হাই ইকায়দবা নাকক্‌পা,
ফিমন্ খুল্লা; চাক্লেম্ চা

নঙ্‌গুম্বনসু ঐঙোন্দা
করি নতীক্‌ লৈদুনা
পাউতাক্‌ পীবা শারিবা
মীনাই মচা শক্‌থীব।

নাকক্‌ - এঃ অদু হায়রদি মৈতৎপা,
ঐহাক্‌পুদি মফরি
নিংথৌ কম্বা য়াওবনি
নিংথৌ শেম্বা য়াওদেহাই।
নতীক্‌ নত্তনা নঙল্‌ হাপ্‌
করিগী চায়াম্‌ পোক্লুরি
ঙম্লোইদৌবা লৈরদি
শেম্বা শাবা নচাশিং।

থোক্‌ - ঐহাক্তবু শোয়খিবনিদনা হা,
নমৈ-ননা কক্‌পফাও
শাউদবা অপঙ্‌বা না-মৈকক্‌
শিংগদবা ৰাৎলিদা অতো-নঙ্‌ -।

মৈচোন - (মরক্‌ থৎনা) হো ৰাদো ওন্নরে করিনো
তাবা য়াদ্রে ঐখোয়দি।
মীনা ইচা পোক্‌পবু পোক্লীংলগা পোক্কনি
পোক্লীংদ্রগা তোক্কনি
হো ঐখোয়দি মপুনে মপু
নশীল্‌ লৈতে মীনাইগী

নবা লৌদে অপঙ্গী

থোক্ - মীচঙ্ কল্লগা লোইরবা,
মশীংতদা চৎনরবা
পুন্সিগী লান্‌ফম্ অসিদা
ইনীং তম্, ইখা তৌ
নুংঙাইনা হিংবা পাম্লদি
মীশিং য়াম্‌দবা য়াদবনে
পঙ্‌লিহাই ইনাওদি পঙ্‌লিদা।

মৈচোন্ - ভোৎ লেপ্পা ঙম্নবা
মন্ত্রী ওইবা ফংনবা
সিট্ মশীং হেন্না লৌনবা-তস্। (খুৎকাপ্পী)

নাকক্ - এঃ হায়নরেদা অনীসে —
সক্‌চরো অঙম্বা ঙসিদি
অদুগনে, মতুংসিদা করিগুম্বা
নচা-নশু লম্ হেনবা,
ঙানু মচা লাক্‌পা লাক্রবা
ফত্তে হায়জনু নাকক্‌পা।

থোক্ - হো অদুনিদনা,
য়ৌরো য়ৌরো নাকক্‌পা
মতুংনা মতুংগী হায়দুনি।
করি নত্তবদা ঐখোয়নী
ইমু-নাইমু তানবা
করিনো ঐখোয়গী তোংজবা (নুপীদা মিৎয়েং)

মৈচোন্ - ইহে ঙাইখোনহৈ নাকক্‌পা
নঙক্তা ফারিবা নীংথিবা পেটিদা
য়াম্লিবা ফজবা ম্বাইখু-শো
করিগীনো হায়রম্মু অদুতং
নমৈ ননাগা কক্‌পীরে
ওম্থোক্লা পক্‌চখ্রে ইনাওদি।
নাকক্ - ঐগী ঙক্কী লৈতেংসে
য়াম্‌খ্রেদা মরম্ ইতৈমা
থোক্ - আ আ, হায়য়ু তাগেনে অদুদুম্
নাকক্ - ইপু নীংবদা ঐগুম্বা
লৈতেদো কনা তাইবঙ্‌দা
হূরান্‌বা পান্নবসু ঐ
ঙানু য়েন্ শঙ্‌বসু ঐ
ষণশেন্ ষণঙাক্তসু ঐ,
য়াওই অঙাংশিং শান্নবফাও
লেপ্তেদো ননাওগী ইথৌসে
পুন্সিসিদা মীকুপ্ অমফাও।
ইথৌদা পুল্লীং চঙ্‌বগী
নুংশিদুনা পীবা মনানে।
অদুনা ম্বাবিদে চানবৈসু
নোংমগী চাক্ পুখম্ অনীনী
অশাংবা ইরৈসিনা শর। (ময়াম্ নোক্ই)
মৈচোন্ - নুংঙাই হাই নবা তাবদী

পুন্সিগী খোঙথাঙ্ খুদিংদা
ইথৌ অমা থম্দনবু
নুংঙাইনা হিংবা য়াত্রা হা?
অদুবু ঐখোয়দি নাকক্পা
নীংতম্বা লৈতবা মফম্দদি
হিংজনীংদেকো পুন্সিসে।

থোক্ - হোইদা, হূয় লমহূয় অমত্তনি
অমনা মীরক্তা লৈবনি - য়ুম্হূয়।
অমনা লম্নক্তা লৈবনি - লম্হূয়।
থবায় পান্বা কাঙ্লূপকী
অমত্তা ওইবা মশেন্নি।
খেন্নদে করিসু অমত্তা
কোন্নসি লাওনে চান্নসি,
অদুঙৈগী নঙ্গী ঐগী
মরী মতাগী নীংতম্বা;
হঞ্জিন্নসি লাওনে নাকক্পা।

নাকক্ - অ আ চুম্মীনহাই পাথৌ লৌশিংবা,
অদুঙৈগী নঙ্ ঐদো
কাউনরসিকো ঙসিদৈ
লাও লাও কোন্নসি লাও

(থোক্চাওগা নাকক্পগা কোন্নৈ। থোক্চাওগী ইঙ্গিৎ ফংবদা মৈচোন্বী মমা মচা ময়াম্ উঁ-বাঁ (২) হায়দুনা নাকক্পবু কোইশিল্লি।)

নাকক্ - 'গৌ গৌ গৌ' (লম্হূয় ময়ান্না চীক্লকক্পদা)

অয়ো ইমা, অয়ো ইমা;
ঐ শিরে; ঐ শিরে আ-আ - । (শিরে)

থোক্ - হাঃ হাঃ করি থোক্লে নাকক্‌পা
তান্নখোদনা ইচাদা হাঃ হাঃ —
হাই হাই ইচাশা খঙহৌরো
লিংজেন্দা মান্নসি অপুন্‌বনা পাঙ্গল্‌নি
ফারেহাই হন্দক্‌সু নাকক্‌পা
লৌশিংনা শামু ফারে (২)
নুংঙাইরেহাই ইচাশা
হরাওরো নুংঙাইরো।
( অশিবা নাকক্‌পগী অকোইবদা কোইনা
লৈদুনা থাবল্ চোংনরক্‌ই )

মৈচোন্ - হরাওরেদা নুংঙাইরে
সিনিহাই ইচা-শা খঙ্‌হৌরো
মৈচোন্‌বীগী থোক্‌চাও;
নপা মৈতৎকী লাংদবু
থুররে হাই নাকক্‌পা;
লৌশিংনা শামু ফারে (২)

থোক্ - ইয়া, খুম্মুদনা নখোয়সু ইচাশা

মমা মচা ময়াম্ - হরাওরেদা নুংঙাইরে
হরাওবা ময়োল্ চোংলেদা
নুংঙাইবা মপাল্ শারে হাই

থোক্ - অ আ য়ারে য়ারে লেপ্লসি
নাকক্পগী মপু লাক্লবদি।
হরাওবা মপাল্ কেন্খিনি
মহৈদদি লোক্সিহাই
ইহে - পায়য়ুনে নখোয়বো মখোঙ্দো।
ময়াম্ - উ-র্বাঁ উ-র্বাঁ হো হায়ো হৈ হা . . . . . . ।।
(অসুন্না ময়াম্ চঙ্দুনা লাউর লাউরদুনা নাকক্পদু মকোন্ মনুংদা চিংশিন্খি।)

**- লাইট ওফ -**

**লোইরবা**





# অইবগী ফোঙ্গদবা লাইরিক্শিং

১। কুন্তী কর্ণ (খণ্ড কাব্য)

২। থাংনুরবা খোঙ্থাঙ্ (ড্রামা. **All India Radio Drama Competition** দা ২ শুবা মনা ফংগ্রবা)

৩। হুগী অমৃত (ড্রামা **AIR; Imphal** না শাম্নবীগ্রবা)

৪। ব্রহ্মালোক্ত মালেম্রৈমা থারৈমা -Do-

৫। শ্রী শ্রীগোবিন্দগী শরীক্ মখোল্ (ড্রামা)

৬। ককা মচা (ড্রামা)

৭। ঐগাঙাংগী চক্রবিহুদা য়েম্নখৎকী মজাইবেম্মা মিশ্ (ড্রামা)

৮। অমম্লোক্তা অঙানবা (মমিগী কুম্মৌ, ফিচর)

৯। অদুঙৈগী য়াউশঙ্ -Do-

১০। লিলা ইবগী ইমুং (ড্রামা, **AIR Imphal** না শাম্নবীগ্রবা)

অসিনচিংবা



য়েংগদবা ঃ- কনাগুম্বনা লাইরিক্ অসিবু লিলা ওইনা পুথোক্পীনীংলবদি মাঙ্জোননা অইবদগী অয়াবা লৌবীগদবনি।